# চিঙ্‌গোই ঈরাপ্প

ফোংদোকপা

মণিপুর রাজ পণ্ডিত লোইসং
সনাকোল্লুং
ইম্ফাল, মণিপুর।

ইজবা—
শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্রসিং
খোংমন।

# চিঙ্গোই ঈরূপ্প

মণিপুরদ লৈব লাইফমশিংগী মন্নুংদ চিঙ্গোই মরিল্ অথোক্লইব লাইফম অমনি। থায়নদাগী হৌন লমতা থাদ চিঙ্গোই ঈরূপ্প অসী চংনরকই। লমতাগী থাসি য়োগদব ভুমিং হুম্নি রাংলিংদ মীতৈগী অহল্ লম্মল্ নহা নুবী পূমনমক্ন চিঙগোই ঈরূপ্প চংনৈ। মসী মীতৈন হিন্দু ধর্ম্ম চংলবা মতুংদগি ঈরূপনখিব নত্তে। থাগনবগি লৈরকলব মীতৈগি চংনবী অমনি। অতুগী মতুংদ মেহেরা গরিবনিৱাজ সনা হাকথক্ত রামায়েত ধর্ম্ম চং বদ মীতৈগি মনাং কয়া থুগাইরগ ময়াংগী পোং পুশিল্লকপ মংমদগি চিঙগোই বারুণী খুরুমব হায়খি। মাদুগ লোয়নন মহাদেব খুরুমব হায়বা অসী পুশিনখি। অতুম ওইনমক মীতৈশ চিঙগোই ঈরূপ্পদি ভসি ফাওব গোংদ্রি। চিংগোই লূপ্লগা চিঙ কাবন শঙ্গাই য়ুম্ফমগী পাথংব, থলোংগি পাথংব, থলোংগি নোংপোক পানথোক্লইবী খুরুমব কাবনি। হৌজিক মহাদেব খুভম অম লৈরিব অসী থায়ন লৈরমদে। মাসিদি সার চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ সনা হাকথক্ত গোসাইগী দমক য়ুম্নাব কৈরু বন চিঙয়ায়গি মহাদেব অসীগ লক্ষ্মীকুণ্ডগ শেমাখবনি। অমগ সার চূরাচান্দ মহারাজ সনা হাকথক্ত বামোয়ন লওশিনখিবনি। মাদুগ লোয়নন নাংলমবুন সেবাচংচরমব হুমবুরৈম নারেণ্ড পুরীস্থ সরস্বতী মিংথোন্দুন বামোনন লওশিনখি। মনাওনৈদ মন্নুংকেআন পানথোক্লইবী নিঙ্গংদ মবেম্মবু

শংশঙ থেংন ন খুরুমখিব নোংপোক পান্থাইবী অনীমকন লাই হরাওবগী জগোই শাব উজখিব অত্ত চিঙ্গোইদ ঈরুরগ পানথোইবী নিঙবদ থেংনবিরনি। ঈবুংঙো ঈবেম্ম অনীন য়েংক ওয়গ ফম্ব উজখিব খলোং স্নুরুংদনি। চিঙগোই মরিনন অথোইব; অশেংব তীর্থ অম ওইবগী মরমদি নোঙমাইজিঙ তাংবঙ পানবগী মপা নোংপোক মমা ওইন নাউয়োকপী পানথোইবী অনীগী খুভমনি। অত্তগ নোংপোকপু সোরারেল হাপ্পদ লাইয়াম পুন্নমক ত্রিনখুবা মোংমাইজিঙনি। অত্তগুম্ব চিঙদোন্দগি চেন্থবকপ লোক ময়ামন ত্তিনব ঈশিং ওইবন চিঙগোই মরিনন মগুণ অস্তুপ চাউবনি অসিগী মথক্ক মন্থু ত্তেকআন নোংপোক পানথোইবী অশেংন উনডুন খুভম য়াখিবগ লোয়নন লৈবাক অসিদ লাঈ হরাওব হোখিব অত্তদগী য়ামন থাজব অমগ পোক্লখি।

নোংমাইজিং হায়ব অসী মীতৈ পুরানন ইহান হানন শাব চিঙনি হায়ত্নন চিঙলেল খুংলামধাম লংমাই হায়ন শাব চিঙ হায়। অংগ চিং অসি য়ুহারাবদ য়োংন হায়ত্নন "শেল্লোয় নীকুবরা নীক্তব, লংমাই হাগবরা হাদ চিং, য়ুংেন নীক্তব, য়ুহান হাদব, সনা হুঈথাব, লুপা য়াই ওঈব, চোয়নৌ সনা লুপা পোকপ চিঙ, তেংনৌ য়োংপী হুইথা চিঙ কৌঈ। চিঙ অসী ঙিশা মাপল পাশলী, চিংমায় মাপল শুঈ, ঈশিং নেব ইরোক ত্তরেং লেলি। চিঙ অসী কা অহুম থোকই। অত্তগ নোংমাইজিঙ চিঙ্গোইগি রাদ লাই পুন্নমক চিঙ অসিদ লৈ। অংগ পানথোইবী খোঙ্গুলগি রান লাঈ ময়ামন নোংপোক পানথোইবীবু

লাইগী নিংথৌ সোরারেল হাপলগ পুনশিগি মশক ওইব লল লাংঙন হরাওবদ লাই পুমনমক নোংমাইজিঙদ লৈখি। অঙন মনিপুরদ লৈব চিং পুন্নমক্কগী মহাকন মগুণ হেনবনি। অদুগ চিঙ অমীগী মশাদ নোংপোক নিংথৌগি ফমবাল মফম খলোংন মকোকনি।

নোংমাঈজিংদ সুরুং মফম তরুক লৈ, সুরুংন নিপাননি। নোংমাইজিঙ চিংকোক্ক সুরুং অহুম, তখেললোমদ সুরুং অম, অন্দ্রোরোমদ সুরুং অম, নোচুপলোমদ সুরুং অম চিঙয়ায়দ অম, খংশাদ সুরুং অম লৈ। খলোঙ্গি সুরুং মফম অসীদ লাইনিংথৌ নোংপোক নিংথৌগী ফমবল মংমনি। মফম অসিদ লাঈ ময়া ন নোংপোকপু নিংথৌ হাপলগ লৈ লাংলগ য়েন্নতুন তায়বং পানবগী মীব পুমনমক্ক পূনশি লৈরাং য়েনখি। মতুগীদনক মফম অসিদ চহীগী পুনশি নিব খুরুমনবনি। খলোঙ্গি মশাদ সুরুং লল, মথক্ক নোংপোকন ফম্বাল তোংবগী মরমন লৈবাক অসিগী নিংথৌশিংন ফম্বাল তোংল, তোংবদ পুমনমক নিংথৌরেল মশিং চন্নব মহুং শিনব খলোংয়ুংনৈ। মফম অসীবু নোংপোক নিংথৌন ফম্বাল তোংখিব মফমনি হায়বগী খলোং কৌবনি। মফম অসীদি খুরুমজরবদি নীংব থুংঈ, মিংচং ফংই। লৈবাকন খুদোংথীব তারবদী মফম অসীদ ঈরাংনব মফমনী। চন্দক খাব লৈরোনথৈগী নুপী মন্নু তেকআন নোংপোক পানথোইবী থেংনতুন মনীপুরদ মীতৈগী অরেপ্প লাইনীঙ পুথোক্কুন রসগী মরূওইব পরকীয়া রসদ লাইনীংব হৌদোকলম অসী মফম চুম্ন নিংজরূবন তমখীবনী।

নোংমাইজীং চীংগোয়রোন্ন নোংমাঈজীংবু চীং পুমনমক্তগী অথোই নী হায়দুন সনা হয়য়াঈচীং কোই। মাঙোন্দ লৈব লাই-ফম অসিগুমন মনিপুরগী অতাপ্প চীঙদ লৈতে। মফম অসিদ থায়নদগী লৈরক্রব লাইফম চনিদগী হেনন লে। লাইফমদ নংতন হিদাককি মরমদসু অরাংপ লৈতন লৈ। চিঙ্গোয়রোনদ ইবদি চিঙ অসিদ শীদ-হীদাক মরম মঙা লৈ হায়। অ গ মাসীদ লৈরিব লাইফম পুমনমককী মনুংদ হৌজীকমক মী পুমনমকন খওনরীব লাইফমদী চাঁওয়ায়গী মহাদেব, সরসস্বতী কুণ্ড, শঙ্গাই শঙ্গাই য়ুম্ফম, খলোঙ অমসুঙ নুঙখোং নুংনাউদী অসীনী। মা-সীগী মনুংদ মহাদেবগী রা মথক্ত ইজখাব অনৌ। অদুগ মহাদেব লাই অসী বৈদীক য়ুগত চংনব লাই নংতে। বৈদীক য়ুগত লাইগি মনুদ চাউবদী সোরারেন্ন চাউ। অদুদগি পৌরানিক য়ুগ য়ৌরক্রবতদ সোরারেণব নমথরগ মহাদেবণ চাউখিবণী, মীতৈগী পোংপোক পীংথোদী লৈশেমতৈগো শাহন, লাইয়ামন সোরারেন হাপ্পূন লাই পূমনমক্ত থোগল তৌখিদনি মতংগী মতুংইনন মীন শেন্নগ লাই ওই হায়দম নাংমাই চিঙ মহাদেব পৃথি-বীগী লাইনি, খুক্রমকম থ ক্রবদ নিঙজবব নিঙব শুংব লাইনি। মাসিদ কনাগুমবন গোপোক নিংখৌবু মহাদেব ওইন খনব য়াওই। মংদি খনফদবনি।

অদুগ শঙ্গাইয়ুমথম হায়ব অসি অচৌব লাইফম অম ওইরবসু হৌজিককি মতমদা অয়ামব মীন খোওইন খুক্রমনাব্রে। করিগুম্ব লাইফম চংপা হায়রবদি নিংজরিব লাইকম য়ৌত্রিব ফাওব চংপ

হওনববি। অদুন নোংমাইজিঙ্ক কাবদ মহাদেব য়েৌরুগ হুরদন খলোং য়েৌব তানববি। খলোংগী মখাদ লাই অতে লৈখিদ্রে। মসিন তাকপদি চিঙ্গোই লুপ্পগ চিঙ কাডুনা লাই খুরুমব চং-নরিব অসি থায়নগিন শঙ্গায় য়ুমফম, খলোং য়েৌবনি। হৌজিক মহাদেব খুরুমব ওইরবসু থায়নগী লাইফম অনি অসি থাদোক-ত্তবনি। মহাদে দগী খলোং য়েৌনব লাকপদা লৈব লমলোঙ্গী য়েংখংব লম্বীদ চৎলগ শঙ্গায় য়ুমফ। লৈ। শঙ্গায় য়ুংকমদগী চৎলগ খলোং লৈ।

শঙ্গায় য়ুমফম অসি কনাগী শঙ্গোই য়ুমফমনো হায়রবদি অসু-মন খংই। মমাঙ্গৈদ লৈবাক অসিদ কুমিৎ সান খোমমতোন অত্তোনবগ মশাগি তাউহুইরেং অহনবগ অনিন নিংথৌ ওইদুন অয়ুক কুম্মিদাং লেংশিন্নন পায়বদা পেংথাব ফংদ্রব খরাই নোং-জেংবম পিবা য়েকমা চাওক্তংলা নমু পোংবরজা কত্তনবন লাল তাদুন তাউহুইরেং অহনবব্ তানখাইরে। মচাকন চেনখিদুন লংম-ইজিঙদ পুরৈরোমব কৌন লামই য়ুমফমদ লৈখি। মচাকন শেল্লোয় লংমাই লেংডুন পায়খি হৌজিক ফওং অন্দোন মহাকপু পুরৈরোমব চায়ন লাংশি। অদুগ মশানৌ কুমিৎ সনা খোম,-মতোল অত্তোমবন চেনখদুন মোইরাংগী লোইরেল লোকত লাইগী চহি চাম লে খুন লৈখি। চহি চাম কুরকপবদ থাংজিঙন খুং খোংদুন লাইবুঙথৌ লাইকুরম জগোই শাচনথেম ন পুখংলকই। মতম অদুদ য়াংগোই কারোঙদ পেন তেঙ্গুল তুখে। মাঙ শেমলিডৈদ পাখংবদি শামুরৌ য়েৌখে। মাহুদগী পেনা শেমলিডৈদ

শামুরৌ য়ৌব হাৱব পাউয়ৌ অসি থোকখি। পাখংবম শামুৰৌদগী অমুক লাকপৰ কৎলৰ য়েৌবদ বোংতা লাই'ৱল পাখংবন কংলাদ নিংথৌ ওইদুৱ লৈরমলে। ম'দু উবদ ভুমিং সনা থোমমতোম অতোমব সেম্রেঙ পাখংবম চংখিদুৱ লোলাং পাখংব কোঁচম লোঙ্গুম নোংমাইজিঙদ লৈখি। মহাকন লৈখিব মফম অদু হৌজিক লৈরিব শঙ্গাই য়ুমফম অসিনি। কাৱঙমবন শঙ্গাই য়ুমফম অসিদ ফিরেয়গ লোয়নন শেল কন্তুন খুরুমজরবদি মী ভদুন নিঙব পীবি। মহাক্তি খুঙম হনজিনব ঙমখিদব, মনিঙ খুংলব অদুদগী মী পুন্নমক্ত মনিঙ খুংচননিঙব মরমন মীন নিজব পুন্নমক পিমৈ। শাঙ্গাই য়ুমকম খুরুমজরবদি অচৌ অশাং ওই, মীন শকখঙ মায়খঙব মী ওই।

অদুগ নোংমাইজিঙন মনিপুরগী চিঙ পুন্নমককি মকোক ওইবাগী মরমদি স্তুরুং ময়াম লৈবগ লোয়নন নিংথৌ অদুমগী শাঙ্গায় য়ুমফমন লৈবন ওইগনি। খলোং স্তুরুং অসি মমাঙতৈদ পানখিব নিংথৌশিংন সনা লুপা কৎলগা মশা মশাগী খলোং য়ুংচুম নিংথৌরেনগী থুকম তানমখিবনি। খলোং মফম অসি মীতৈগী অশেংব লাইফম ওইবন শঙ্গই য়ুমফমগ খলোং খেনি অসি ব্রহ্মননা মপশিনব ঙমদবনি। থাঙ্গৈ শেংবদি নোংমাইজিঙগী লাইফমদ সেবা চংপদি নোংলমবুক্তন তৌজবনি। অদুবু মতমগী পাঙ্গল ব্রাহ্মন চঙদুন লাইফম কয়া সেবা তৌখে। খলোং মফম নোংপোক নিংথৌগী মেমফম অসিন চিঙ অসিগী মসুংদ খথোইবনি।

খলোং শঙ্গই য়ুমকম অহুম লৈবগী মরমন নোংমাইজিঙবু সন্না হয়রম্লাইচিঙ কৌবনি ।

নোংমাইজিঙ চিঙশাদ নোংগী লাই লৈ। মসিন নোংপোক নিংথৌবু সোরারেলনি হায়বদ চিং-নিঙথাই লৈতে। খলোংগী সম্বোঙ পাংব চিঙশাদ সুঙখোং সুঙনাউবীগী থুকম লৈ। মনিপুরদ কুম কাংচুন নোং চুপ্লব মতমদ সুঙখোং সুঙনাউবীগী লাইকমদ হোৎবী পোৎ কত্তুনা ঈড়াংলগ মকম অতগী সুঙ মচা। অম পুরকলগ ঈরিল তুরেলদ তিংবদ নোং চুই। মসি নোংচুদব মতমদ সুঙখোং সুঙনাউবী, খমব ম্লাংদৈ, অরোনসুং নোংগী লাই ওইব সুং অহুম ফাবদ। থুদক অচুমক্তদ নোং চুই হায়ব অসি মীতৈ অহল লম্মন পুন্নমকন খঙনব থবক্নি। লাইক্ষম অসি চিঙ্গোই ঈকমদ য়াওদে। অংবু মক্ষম অসিদ ইজবদি তাইবঙ পালব শেমলকপ মতমদ নোংপোক নিংথৌগী মথোদ নোংগী থবক লৈ হায়ব অচু উত্তুনা খলেংগ মরি লৈব অক্ত উৎচবনি।

অরোইবদ কংলাগী সুরুংগ খলোং সুরুংগ অনি অসি মন্নুংদ শমনৈ হায়নৈ। মাসি সুরুংগী অহোবদ শমজ্রবস্থ মথোর অনিদ থোকপ ঈড়াং থৌনি, থৌথোক মায়বগী শমনৈ হায়ব য়ই। কংলাগী সুরুংদ নিংথৌন ফমবাল তোংলবদ মথক্ত ফমচুন মেম তোংঙ্গৈ। অমগ খলোং সুরুংদ লাইরিংথৌ নোংপোকনিংথৌন লাইচগী নিংথৌ ওইব মতমদ মেন তোংঙ্গৈ। নিংথৌগী লৈবাকফি ফৎলোয়দব লৈরবদ খলোংদ শল কত্তুনা ঈড়াংনৈ সুরুং অনি অসি মতিক মঙল চপ মাননরবনু কংলাগী সুরুংন নিংথৌতাগী

মরমদা অথুপ্প অম ওইনা থমই, মাগী ঈড়াংগী পণ্ডিতশিংনা তৌই। নোংমাইজিঙগী খপোং সুরুংনচিংব লাইফম পুম্নমক নোংলমবু মাইবন তৌই। হন্দক লাইরিক মচা অসি মতম থোঙফম য়েংবদা মীতৈগী ওইব লাইফমবু মীতৈ জাতিনা থোঙইদব অদু থক্তব মতম য়ৌরে। মাগী মাগী মপোং খিনব মতমনি, খিবিব মতম ওইরে থমজিন হৈজবনি। অতোগ নোংমাইজিঙ কাহুন লাই নিংশদগী মহুয় য়ানখিব মী কনাগুমব "নোংমাইজিঙ কাব" ভায়ন মান নিঙ্কন খুংখিব মী য়ামন লেখি। অদুগুমন হৌজিকসু মখোয়, ফংখিব অত্ত ফংলোই হায়মিংভাই লৈতে।

## লৈখিদ্রবা মাইচৌশিংগী নিংশিং নুমিত

তাং ২১।৪।৭০ ইং লৈপাকপোকপ নুমিত লৈখিদ্রবা শ্রীযুক্ত মোইরাংথেম খাবল সিংহ পণ্ডিত অচৌবগী নিংশং নুমিংকী থৌরম পাংলোকচগনি।

সিনিয়ার পণ্ডিত শ্রীঅমুয়াইলা সিংহ
পণ্ডিত য়াইম শ্রীচাওবী সিংহ
পাণ্ডিত লোইসং
সনা কোম্নুং

লোইরবা

